

কমরেড ইরাবত

সেপ্টেম্বর ৩০, ১৮৯৬ — সেপ্টেম্বর ২৬, ১৯৫১

# অকোঙবগী মায়কৈদগী

জননেতা হিজম ইরাবত সিংহগী ৯১শুবা মপোক কুমওন পালনগা মরী লৈননা জননেতানা ইবিরম্বা "কেপিটালিজম" হায়বা লাইরিকমচা অসি পুথোকচবনি।

লাইরিক অসি মনিপুর ষ্টেট আর্কাইবসনা য়াব্বিবদগী ফোঙবা ঙমজবনি। মসিগীদমক তৌবিমল খঙবা উৎচরি।

শতাব্দী তংখায় অমরোমগী মমাঙদা ইখিবা ওইবনা মতম অহুদা য়াম্না চৎনরম্বা লোন্দা অমগুং বাঙ্গালী ব্রাহৈ কয়া য়াও-রবস্থু অমদি লোন অসিদা বানানগী নীংতম্বা লৈবা অহুগী মমি তাবা উববস্থু খুং চঙউবা পামজদবা অমদি ঙম্বগী শক্তি লৈজ-দবদগী লৈরম্লিবা অহুমক কায়দনা থম্নবা ঙম্বমথৈ হোৎনজৈ।

করিগুম্বা অশোয়-অঙাম তাকপিরক্লবদি মথং ফোঙবদা চুমথোকচগনি।

প্রোগ্রেসিব লিটরেচর হাওস
ইম্ফাল।

# কেপিটালিজম

## ( পুঁজিবাদ )

## কেপিটালিজম করিনো ?

ঐখোইনা নিতিগী চানথক্লবা পোৎ চেং, থাও, থুম, চিনি, চা, চুরুপ, মৈখেৎ; শেৎনা ইন্ননবা ফৈজোম, ফুরিৎ, মোজাফুরিৎ, ঘড়ি, খোংউপ, ছাতিন; ইমুং মন্নুংদা, লালটেন, কোল্লিক, মিংশেন, শমজেৎ, লাইরিকতম্নবগীদা লাইরিক, চে, কালি, কলম অসিনচিংবা পোৎ কয়া কয়া শিজিন্নরি। পোৎ পুম্নমক অসি ঐখোয়না তুকান্দগী লৈ। তুকান্দারশিংনা অমুক কারখানা, খোং ( খনি ) ১সুং লৌউবশিংদগী লৈরুরিবনি । কারখানা, খোংগী মপু ১সুং লৌউবশিংনা থবকশুবা মী ( কুলি ) থমতুনা পোৎ পুম্নমক অসি শাহন গোংহল্লি। পোৎ পুম্নমকসি থোক্লবা তৌরিবা কল কারখানা, যন্ত্র, লৌ-ইশ্বোল, খনিনচিংবা অসিবু পোৎ থোক্লবা লম্বী, অমদি উপায় কৌবা য়াই। মরমদি ঐখোয়না শিজিন্নরিবা কান্নবা পুম্নমক অসুম্না শারকইবা থোরকইবনি । অতুগা ঐখোয়না শিজিন্নরিবা পোৎচৈশিং অসি কৈথেন্দা ফংই হায়বগীদমক কৈথেন পোৎ কৌই।

অয়াম্বা লৈপাক্তদি হায়গ্রিবা পোৎ থোক্লনবা যন্ত্রশিং অসি হায়বদি খনি, কল কারখানা, লৌ-ইশ্বোন পুম্নমক অসি মী মী অতুগী মরনাই ওইনা লৈ। হায়বদি যন্ত্র, কল কারখানাশিং অসি মপু অতুগী মরনাইনি মাতুদা লৈপাক্লা খুৎ থিংজিনবা ঙমদে।

প্রমান অমদা স্থপা অমগী মিল অমা লৈরে, মিল অতুগী থবক তৌবা তৌদবা মাগী মনিংনি। অতুগা থবক তৌরগা মিল অত্তুদগী থোকপা পোৎ অতু মাগীনি। হায়বদি মিলদগী থোকপা পোৎ অতুনা মিল মপুতুগী, কল কারখানাদগী থোকপা পোৎ অতুনা কল কারখানা মপুতুগী, খোং ( খনি ) দগী থোকপা পোৎ অতুনা খোং মপুতুগী ওই। অতুনা কেপিটালিজম থোরকপদি-পোৎচৈ থোকইবা যন্ত্র মী অমগী মরনাই ওইবদগীনি।

কল কারখানা, খোং, লৌ ইঙ্খোলগী মপুশিংনা মখোইগী যন্ত্রশিং অতু লেম্না খক থমদে; পোৎচৈ থোক্লনবা কন্না হোৎনৈ। করিগী হোৎনরিবনো? থোকইবা পোৎশিং অতু মখোইনা কৈথেন্দা য়োল্লগা শেন্দোং ফংই। শেন্দোং অসিগীদমক্তা মপুশিংনা মখোইগী কল্লনচিংবদা পোৎচৈ শাবনি। পোৎশিং অসি ঐখোইগী কান্নবা মতুংইন্না লৈতুনা শিজিন্নৈ, ফংদ্রবদি য়াম্না খুদোংচাদে হিংবা ফাওবা য়ানা থোকপা য়াওই। তৌইগুম্বসুং কলমপুশিংগীদি মরু ওইনা শেন্দোংগীদমক্তা খনবনিনা মখোইগী পোৎনা চৎলিবা শেন্দোংনা ফংলিবা মখৈ থবক তৌগনি ফংদবগা লেপকনি অসোমদা মীনা য়াগনি য়ারোই হায়বগীদি খনবিগদবা নত্তে। অতুনা শেঞ্জাও পায়বা ( কেপিটালিষ্ট ) কাংবুনা শেন্দোংগীদমক্তা পোৎ পুন্নমক শাই; শেন্দোংনা কেপিটালিজমগী মরু ওইবনি, পোৎশিং অতু মীনা নিংথি ফুংঙাইনা পানবদা চংদবা য়াদবনি অতুনা মরু ওইবনি হায়না লৌদে। চাওরাক্লা ঐখোয়না শেঞ্জাও পায়বা কাংবুগী মমিং ১সুং থোদো অমদি চাওরাক্লা খংলে। হায়খ্রিবা যন্ত্রশিং অসি

লনাই ওইনা লৈরবা ১সুং মাতুদা শেন্দোংগীদমক্তা পোৎচৈ শারবা অহুবু শেঙ্গাও পায়বা ( কেপিটালিষ্ট ) কাংবু; অহুগুম্বা যন্ত্রশিং অহুবু শেঙ্গাও ( কেপিটাল ) কৌবা য়াই। হায়বদি কারখানা মপুগী শেঙ্গাওনা মাগী কারখানা, জমিদারগী শেঙ্গাওনা মাগী লম লৌ ইঙ্খোল, শেন্দোই চাবা মহাজনগী শেঙ্গাওনা মাগী লুপানি অহুগা খোং মপুগী শেঙ্গাওনা মাগী খোংনি।

## কেপিটালিজমগী ফল:—

সমাজগী মনুংদা লাইরবা অনংবশিং অহুদি চাবা থুংনবা কারখানাদা, খোংদা ১সুং লৌ ইঙ্খোল শুনবা কোইথি থি। মরমদি মখোইগী মথুক্তা লুপা পৈশা লৈতে, লমতু লৈতে মখোইগী হায়ববু মখোইগী মপাঙ্গল অহুতনি। অহুনা মখোই অহুদি মখোইগী মবল ওইবা মপাঙ্গল অহু শিজিন্নহুনা হিংই। মখোই অসিনি থবকশুবা কাংবু ( মজদুর ) অহুনা মখোইসিবু 'পুমকোক কোকপা' অমদি নোমহুনা চাবা ( Proletariat ) কৌই। কেপিটালিষ্টশিংনা মখোইগী মপাঙ্গল অহু লৈহুনা থবক শিজিন্নরগা পোংচৈ শাহুনা কৈথেন্দা য়োল্লি। পোৎ য়োল্লগা ফংবা লুপা অহুদগী মজদুরশিংগী মাগী শেনফং ওইনা লুপা খরা খরা পি অহুগা পোৎচৈ লৈবদা চংবা ১সুং অতৈ অচংবা শেল কাইরগা লেমহোবা অহু কেপিটালিষ্টগী শেন্দোংনি।

কেপিটালিষ্টশিংনা শেন্দোংগী লুপাদগী মচামগুগী ১সুং ইমুং মনুংগীদমক লুপা খর কাইরগা অরেম্বনা কারবারদা হাপচিল্লি। অসুম্না মাগী কারখানা চাওরকই, শেল য়াম্মকই অহুগী মতিক

শেন্দোংস্থ হেঙ্গৎলকই। অসুম্না শেন্দোং অদুনা শেল্লেপ, শেল্লেপ অদুগী তমুক শেন্দোং হেল্লকই। হেল্লকইবা শেল্লেপ অদু শিজিন্নফম অমস্থুং খুদোং চাবস্থ য়াম্না লাকই। কৈংেন্দা শেঙ্গাও পায়বা মহাজন ( কেপিটালিষ্ট ) য়াম্না লৈ। পোৎ য়োনবদা মপোৎ শিংনবা মখোই মশেন ক্রক-ক্রক য়েংনরকই। পোৎ হোংনা য়োনবা ঙম্বা মহাজন অদুগী মপোৎনা য়াম্না শিংলি। অদুনা কেপিটালিষ্টশিংনা মখোইগী মপোৎ হোংনা য়োনবা ঙম্নবা পোৎ শাবদা, থোকনবা তৌবদা শেল খজিক্কা চংনবা হোৎনৈ। অদুগী য়েংনরকপদা বিজ্ঞানগী মপান তাংদুনা অয়াম্বা অনৌ-অনৌবা কল ১স্থুং খুজু-খুৎলাই শাহন্দুনা পোৎশিং অদু থোক্লবা হোংনৈ। অদু তৌরুবগী মরমদি খুজু খুৎলাই, যন্ত্র ময়াম অদুগী মপান্না য়াম্না থুনা মতম খরদংদা থবক য়াম্না শুরগা য়াম্না হোংনা পোৎ শাবা। হোংনা পোৎ শারবদি হোংনা য়োনবা ঙনই, অমস্থুং হোংনা য়োল্লবদি পোৎ শিংপস্থ হেল্লি। মীনস্থ অহোংবা য়েংদুনা পোৎ লৈ। পোৎ য়াম্না য়োল্লবদি শেন্দোংস্থ য়াম্বা মহৌশানি। মরম অসিনা কেপিটালিষ্টশিংনা মতম চুপ্পদা মখোইগী শেন হেঙ্গৎনবা হোৎনৈ মরমদি শেন্না চাওরগা শেন্দোং য়ামই। অসুম্না ইখং-খংহৌদনা পিশক-পিক্লা লৈরম্বা কারখানাদু কারখানা অচৌবা ওইরকই; অনৌ-অনৌবা কলনচিংবা হাপ-চিল্লকই; মী ১০০ তং থবক শুরম্বা অদুদা মী লিশিং লিশিং থবক শুরকই। পোৎচৈ শানবগী লৌশিং অনৌ-অনৌবা পুথোরকই।

অসোমদা কেপিটালিষ্ট ( মহাজন ) শিংগী মরন-মথুম

হেঙ্গৎলকপগা অমরোমদা সমাজদা লাইরবা অনংবগী মশিংস্থ হেঙ্গৎলকই । শেন য়াম্না পায়দবশিংনা শেঙ্গাও পায়বা মহাজন-শিংগা ক্রক-ক্রক য়েংনবা ঙমদে, শেল মাংলে অহুদগীদি মখোই অহু থবক শুবা ( মজুর ) গী দলদা চংলকই । অস্নুম্না থবক শুবগী দল হেঙ্গৎলকই । অমুক অমরোমদনা কল য়াম্না হৌদো-রকপা পুথোরকপনা থবক পুন্নমক কলনা লোইনা তৌগ্রে; থবক শুবা মী য়াওদ্রবস্থ য়ারে । অহুনা ময়েক্না থবক মীগী মশিং হেঙ্গৎ-লকপনী মতিক মখোইগী থবকস্থ হন্থলকই । মরম অসিনা থবক শুবশিংনা থাদা খরদং ফংবা তলব অহুদা থবক তৌবা তাই । কেপিটালিষ্টশিংস্থ মাহ্থ উহুনা তলব য়ামদনবা হোংনৈ । মরমদি তলব হন্থরিবা অহুক্কি মতিক মখোইগী, পোৎ শাবগী খরচ হন্থ-গনি অমস্থং শেন্দোংদা অহুক হেনগনি । মরম অসিনা সমাজদা মশিং য়ামদবা মী খরদংনা ইনাকখুল্লগা অরেম্বা মী অয়াম্বগী শরুক্না অসুম অস্থুম লাইরথরকই । অস্থুম্না কেপিটালিজমনা মী খরদংবু ইনাক খুলহল্লি মী অয়াম্ববু লাইরহল্লি । কেপিটালিজমগী অহান্বা ফল অসিনি ।

শেঙ্গাও পায়বগী নীতি ( কেপিটালিজম ) না থবক শুবশিংগী শেনফং হন্থহল্লগা লাইরহল্লি হায়বতা নত্তে, করি করিগুম্বদা মখোই-গী শেন ফংনবা লম্বী পুমথিং থিংলগা মী লিশিং লিশিংবু চাকনিবা ওইহল্লি । ঐখোইনা উরিবদি, পোৎচৈ কৈথেল্দা য়োল্লগদা কেপি-টালিষ্টনা শেন্দোং ফংই । পোৎশিং অহুদি কনানা লৈবগে ? পোৎ

খরদি কেপিটালিষ্টশিংনা লৈ; অয়াম্বদি থবকশুবা ( শ্রমিক ), লৌউবা অমসুং মচিপ্পাক ওখাকচাবা ( মধ্যবিত্ত ) কাংবুনা লৈ। তৌইশুম্বসুং মখোইগী শেনফংনা হন্থরবা অতুদদি অতৈ পোৎ পুন্নমক লৈবা ঙমদে। অতুদগী পোৎশিং অয়াম্বা শিত্তহনা দুকান্দা। কার-খানাদা পৈহনা লৈ। পোৎ শিত্রবদি কেপিটালিস্টশিংনা তোংবগী মহুত্তা মাংই। মতম অঙ্গদা কেপিটালিষ্টশিংনা তঙাই ফদনা মাগী কারখানা লেপহল্লি। মরমদি, কৈথেন্দা পোৎ শিত্তহনা পৈহনা লৈরবদা পোৎচৈ শারুহনা কান্নবা কররিনো ? কারখানা অমগী মথংদা কারখানা অমা লেপই, বেঙ্ক ফেল ওই থবকশুবা মী লিশিং লিশিংগী থবক লৈতে। কেপিটালিজমগী অসিশুম্বা দষা অসিবু ' ললোনবগী দষা ' কৌবা য়াই। ললোনবগী দষা তাবা মতমদা থবকশুবা কাংবুগীসু দষা ওই। মচা মশু ১সুং ইমুং মন্নুং পুন্নমক চরা নামা চাহনা করি কররিশুম্বা মতমদা চরা হেন্দুনা লেল্লি। শতাব্দী অসিদা ললোনবগী দষা তাবা অহুমলক শুখ্রে। অকোনবগী দষা তাবহ্ সাল ১৯৩০ দনি। মতম অতুদা শুপ্নগী আমেরিকাগী যুক্তরাষ্ট্রতদা থবকশুবা মী কোটি ১ লক্ষ ৩০ থবক শুনিংঙাই লৈখিদে। মখোয়না করম্না হিংখিবা অতুগী হিসাব ফাওবা ফংখিদে। মতোয়গী অঙাংশিং অতু দুকান ১সুং গুদামগী নাকন্দা কোইচং চত্তুনা লৈখি। ডককি গুদামদা মখল মথা অয়াম্বা অচাথক ফংলক্তহনা পুমলকপদা হুন্দোকই মতম অতুদা অঙাংশিং অহনা হুইদৌনা অপুম্বা পোৎশিং অহ্ মুন্নহনা চাই। অসোমদা অচাথক মশিং নাইদনা পুমহনা হুন্দোকই অমরোমদা চন্না হেন্দুনা মী

ঙিশিং শি ; অসোমদা গুদামদা শেংনা ইন্নবা ফিরোন থন্না পৈতুনা লৈরি অমরোমদনা ফি শেংনিংঙাই লৈতত্নুনা মী লক্ষা লক্ষানা নিংথম খাংতুনা লৈ । চাওরা চাওরবা য়ুমনা ইহাং হাংতুনা লৈ মীনা লৈফম লৈতত্নুনা লমজাওদা কোইচং চত্তুনা লমহাংদা লৈ। অসিদগী অমুক কেপিটালিষ্টশিংনা কৈথেল খাবদি ললোনবা মাং-গনি হায়বগী দমক্তা পোংশিং অত্নু মমল তানা য়োনবা অমদি লেমনা য়েস্থোকপা তৌদনা লোইনা সমুদ্রদা হৈদোকই নত্রগা মৈ থাদোকই। অমরোমদা হেনবা ১সুং রাংপা কেপিটালিজমগী কৃপাদগী নাকন নাকন থোকই । অসুম্না ললোনবগী দবা তাবা অমসুং মীনা থবক শুনিংঙাই লৈতবা অসি কেপিটালিজমগী অনিশুবা ফলনি। কেপি-টালিষ্টশিংনা অসিগুম্বা ললোনবগী দষা অসি কন্ননবা অহেনবা পোংচৈ মাংহল্লি। পোংচৈ থোক্লবা যন্ত্রগী খরদি মাংহল্লি অমসুং থবকশুবা অয়াম্বগী তলব খজিক্তা পিতুনা থবক য়াম্না শিজিন্ননবা হোংনৈ। অতুনা মতম খরদংগী মনুংদা অমুক শেন্দোং খর লাকই। তৌইগুম্বসুং খরদং অমুক ফগংকদবা মতমদা ললোনবগী দষা অমুক হৌই। অসুম্না হুমিং খর খরদং কাননা মরক মরক্তা ললোনবগী দষা তাবা অসি কেপিটালিজমগী রীতিনি ।

কেপিটালিজমগী অহুমশুবা ফলনা পোং থোকপা ভম্বা অতুদগী হেন্দোক্লা শিজিন্নবা। শেঙ্গাও পায়বা কল মপুশিংনা শেল য়াম্না তোংবা পোং অত্নু অত্নুক্কি মতিক শাগনি । তৌইগুম্বসুং শেন্দোং ফংনবা হোংনবা তারবদি থোকইবা পোংশিং অত্নু কৈথেন্দা য়োনবা তাই। কৈথেন্দা চত্তবা পোং অত্নু কল মপুশিংনা করিমতা শারোই।

য়াম্না কান্নবা পোৎ, মাতু ফংদ্রবদি মী শিবা তাবা অতু ওইববস্‌ কৈথেল্লবু চংত্রবা ১স্নুং শেন তোংদ্রবদি শেঙ্গাও পায়বশিংনা করি-গুম্বদস্‌ শারোই। অসোমদা শেঙ্গাও পায়বগী থৌরাংনা থবকশুবা কাংবু, লৌউবা ১স্নুং মচিঙ্গাক কাবক চাবশিং অস্নুম অস্নুম লাইর-শিল্লকই। অতুনা মখোয়গী কান্নগদবা পোৎ ফাওবা মমল পিতুনা লৈবা ঙম্লক্তে। অমরোমদা ইনাকখুনবশিংগী মখুত্তা পৈশা লৈবনিনা মখোইগী কান্নগদবা পোৎ লৈবা ঙমই অতুগী মথক্তা কে মৌবগী পোৎ চৈ তাল্লকই। অতুনা চানা থক্লবা, ফিনচিংবা হিংবদা চংদবা য়াদবা পোৎ পুম্নমক ওক্লবা থোক্লবা হোৎনদতুনা, শেঙ্গাও পায়বশিংনা মোটরগাড়ী, গ্রামাফোন, রেদিওনচিংবা কে মৌবগী পোৎচৈ শাই। মরমদি পোৎশিংসি ইনাকখুনবশিংদা মমল কানা য়োনগনি। ফি অপৌবা ১স্নুং চানা থক্লবা শাবদগীদি অতুনা হেন্না শেন তোংবা ঙমই। শেঙ্গাও পায়বা মহাজনশিংনা পোৎচৈ থোক্লবা করম্না হোৎ-নবগে হায়ববু মীওইবগী চংবা পোৎ পুম্নমক শাদতুনা ইনাকখুনব-শিংগী কে মৌবগী মনিং থুংননবা পোৎচৈ শাই। অতুগী ফলনা মী কোটি কোটিনা চানিংঙাই লৈতবা, শেৎনিংঙাই লৈতবা অমরোমদনা কে মৌবগী থৌরাংদা অথেংবী য়োবা। মাতুগী খুদম অমা:—১৯৩১ ৩৩ সালদা ললোনবগী দযা থমথেংবা য়োখি মাতুদা পৃথিবীদা মী কোটি কোটি থবক শুনিংঙাই লৈততুনা লৈখি মতম অসিদা বিলাততা অষ্টিন মোটর কার কোম্পানীনা খ্বাইদগী হেনবা শেন্দোংগী হিসাব উংখি। মরমদি মতম অতু লুপা মথৈ ইনাক খুনবগীতা ওইখি। অতৈ কারবারদা শেন্দোং লৈতবনা ইনাকখুনবশিংনা লুপাতু শিজিন্নবা

ওমখিদে। অতুনা মোটর গাড়ী লৈতুনা অমসুং কে মৌবগী লম্বী ভাতৈদা লুপাহু শিজিন্নখি। অতুদা অষ্টিন কোম্পানীসু মোটরগাড়ী য়ান্ন শাখি।

কেপিটালিজমগী মরিগুবা ফলনা লালনি। করিগী লাল শোক্ন বনা হায়বা মতাং অমদা ইরকলি।

## ইম্পেরিয়ালিজম ( সাম্রাজ্যবাদ )

ঐগোয়না উরিবদি শেঙ্গাও পায়বগী হৌনশা হায়ববু খুংপাই-শেং থুনা য়াম্মবপনি। শেল য়াম্মকপনা অনৌ অনৌবা পোং শানবা কল যন্ত্র হৌদোকই কৈথেন পোং শারকই। তেইগুম্বসুং কেপিটালিষ্টগী শেল কারকইবা অতুগী চাংদা পবকগুবা, লৌউবা ১সুং কাবক চাবা থুংবা কাংবুগীদি হেঙ্গৎতে। অতুদগী ললোনবগী দখা ওইরকই। কৈথেন্দা শিত্তবা পোং ময়াম তুকাং তুকান্দা গুদাম গুদামদা পৈতুনা লৈ। পোংশিং অসি শিং-জবদি কেপিটালিষ্টগী শেন্দোং তানবা ওমদে। মরৈপাক্কী কৈথেন্দা পোং চৈশিং শিক্সবদা কেপিটালিষ্টশিংনা তঙাইফদনা মীরৈপাক্তা মখোইগী পোং য়োনকম থিরকই। মখোইনা করম্বা লৈপাক থিরক-পগে হায়ববু মখোইগী লৈপাককুম্বা পোং চৈ য়াম্না শাবা শিত্তুনা পৈ পৈতুনা লৈবা অতুগুম্বা মফমদদি পোং শিংলোইদবনিনা অতুগুম্বা মফম থিদে। কেপিটালিষ্টগী কল কারখানা লৈত্রিবা অতু-গুম্বা লৈপাক্তা লাক্তুনা পোংশিং অতু পুরক্তুনা য়োন্নবা হোংনৈ। অতুগুম্বা চাওখৎপা লৈপাক লৈপাক অতুগী কেপিটালিষ্টশিং মাগী মাগী

মপোৎ য়োনফম থিনরকপদগী পুন্নৈ, পোৎ য়োনবা তান্নরকই অতুদগী মুংঙাইনদবা পোক্লকই। মতম অতুদদি লৈপাক অতুগী গভর্নমেণ্ট অতু লৌশিন্নবা হোৎনরকই। মরমদি কেপিটালিষ্টশিংগী মথুক্তা গভর্নমেণ্ট অতু লৈরবদি জাৎ অতুগী ললোন ইতিক য়াম্না খুদোং চাই, গভর্নমেণ্ট অতুগী ক্ষমতা শিজিন্নদুনা অতৈ লৈপাক্কি কেপিটা-লিষ্টশিংবু নম্বা ঙমই। অমুম্না শোথদুনা লৈবা কেপিটালিষ্ট লৈতবা লম লৈপাক অতু লান তৌদুনা কেপিটালিষ্টশিংনা লৌই। মফম অতুদা মখোইনা খুন্দাই অসিগুম্বা লৈপাক অতু কেপিটালিষ্ট লৈপাক্কী কোলোনী অমদি খুন্দাফম ওইখি।

কেপিটালিষ্ট লৈপাক হায়বা অতুমখৈদি শেল্লেপ (কেপিটাল) হেঙ্গৎলকপনা কৈথেন্দা মখোইগী পোৎ য়োনবা য়ারক্কুবা মতমদদি তঙাইফদনা কোলোনী থিরকই। কোলোনীনা অহানবা কান্নরিবদি কেপিটালিষ্ট দেশশিংগী কৈথেন ওইনা থম্বনি ; অসি নত্তবা কান্নবা খর অমসু লৈরি- অহানবদা কেপিটালিষ্ট দেশগী কল কারখানা অতুগী দমক হোৎনা পোৎ ফংই। পোৎ হোৎনা ফংলবদি কৈথেন পোৎ শাবগী খরচাসু য়ামদে, অমসুং পোৎ শাবগী খরচা হন্থরবদি কৈথেন পোৎকি মমলসু তানা য়োনবা ঙমই। পোৎ য়াম্না চৎলবদি য়োল্লবদি শেন্দোংসু নিংথিনা তোংই। অনিশুবদা, কেপিটালিষ্ট দেশগী থবকশুবশিংগীদমক চানা থক্লবা পোৎ কোলোনীদগী হোৎনা ফংবা ঙমই। অতুনা থবকশুবশিংগী তলব খজিক্তা পিবা য়াই। মরমদি পোৎ চৈগী মমল তাংলবদি থবকশুবশিংগী তলবসু হেনগ-দবনি অতু নত্রবদি চরা হেল্লি। চানা থক্লবা পোৎ হোৎবদুনা থবক-

শুবগী তলবস্থ য়াম্না হন্থনা পিবা য়াই। অহুমশুবদা, - মরৈপাক্তা কেপিটাল য়াম্না হেঙ্গৎলক্লবর্দি অনৌবা কেপিটাল শিজিন্নবা খুদোংচাবা লৈতে। অনৌবা কারখানা লিংখৎলবস্থ মাতুদা শেন য়াম্না তোংদে। কেপিটালগী শরুকনা হেল্লবদি শেন্দোংগী শরুকস্থ হন্থরকই। মতম অতুদা কেপিটালিষ্টনা লম থিবা থোকই। মখোইগী মখাদা লৈবা কোলোনীশিং অদুদা মখোইগী অহেনবা কেপিটাল শিজিন্নবা খ্বাইদগী হেন্না বেরা লৈতবা অমস্থং অফবা মফম ফংই। মরমদি মফম অসিদা মখোইগী গভর্নমেন্তগী সিপাই লান্মীনা মখোইগী মরল মথুম ঙাক্কনি। অতৈ অতোপ্পা জাতিগী কোলোনীদা অতুগুম্বা খুদোংচাবা ফংদবস্থ য়াই। হেঙ্গৎলকপা অরেম্বা কেপিটাল শিজিন্নবা মফম ওইনা কোলোনী শিজিন্নবনি। মরিশুবদা,কোলোনী লৈরবর্দি কেপিটালিষ্ট লৈপাকশিংগী থবক শুনিংঙাই লৈতবগী অন্নাবা থরদং কোকই। মখোই লৈপাক্কি থবক শুনিঙাই লৈতবা মীশিংনা কোলোনীদা চত্তুনা হিরম অয়াম্বা মতিকচানা শেনতানবা ঙমই। মঙাশুবদা, কোলোনী লৈরবর্দি মরৈপাক্কী থবকশুবশিংবুস্থ মথুক্তা থম্বা ঙমই॥ মরমদি কোলোনীদা পোংচৈ য়োল্লগা শেন নিংথিনাতোংই। শেন্দোং অসিগী শরুক অমনা থবকশুবশিংবু খুত্তা থম্বা ঙমই। অহুনা থবকশুবশিং শাওহুনা দেশদা লাংদে অমদি হৌদে। মরম পুন্নক অসিদগী কেপিটালিষ্ট লৈপাকশিংগী কোলোনী লৈগদবনি। কো-লোনী লৈত্রবদি অহেনবা পোং য়োন্দে, পোং য়োম্রবদি কল কার-খানা লোইনা লেপই, কল কারখানা লেপ্লবদি থবক শুবশিং থবক লেপই,থবক লেপ্লবদি থবক শুবশিং চানিংঙাই লৈতহুনা শাওরক্তুনা

হৌরগা কেপিটালিষ্টশিংগী খুত্তা লৈবা গবর্নমেন্ট মুল্লগা মখোইগী গভর্নমেন্ট শেম্লগা কেপিটালিষ্টশিং মুংহনবা য়াই। অহুনা কোলোনী ফংত্রবদি কেপিটালিজম লেংদনা (লৈবা) ওমদে।

অহু ওইরবদি ইম্পেরিয়েলিজমগী চাওরাকপা সংজ্ঞা অমদি ঐগোইনা পিবা ওমই। কেপিটালিষ্ট লৈপাক অমনা অহেনবা পোৎ য়োন্নবা, অহেনবা কেপিটাল শিজিন্নবা, হোংনা কাচামাল অমসুং অচাথক লৈননবা, শোখহুনা লৈবা কেপিটালিষ্ট নত্তবা লৈপাক লৌই, মতম অহুদা লৈপাক লৌরিবা দেশ অহুবু সাম্রাজ্যা-বাদী দেশ; অহুগা মানা গৌরিবা লৈপাক অহুবু মাগা কোলোনী কৌই।

সাম্রাজ্যাবাদকি অহানবা থবকতি কোলোনীদা মাগী লৈ-পাক্কী মালপত্র য়োন্নবা কৈথেল ওইনা শিজিন্নবা। অহুনা সাম্রাজ্যবাদী গভর্নমেন্টনা মাগী লৈপাক্তসু শাবা পোৎ-চৈ অহু কোলোনীদা মতিকচানা য়াম্না শাহন্নিংদে, শাহন্দে। মরম অসিনা কোলোনীদা য়াম্না নিংথিনা যুগ অসিগী কল কারখানা অচৌ অচৌবা থমহুনা পোৎচৈ শানবা থৌরাং তৌদে। মখোইগী চানা থক্লবা পোৎচৈ অমসুং কাঁচামাল শেম্নবতা থৌগৎলি; অসুং কল কারখানা মচামগু খর লিংহল্লি। অহুগী ফল অমসুং মীশিং হেঙ্গৎলকপগী ফলনা লৈপাক্তুগী মীগী হুর্দশাগী অথেংবী য়োই। মখোইগী লায়রবহু অসুম অসুম হেল্লকই। ব্রিটেন সাম্রাজ্যবাদী দেশনি অহুগা ভারতনা মাগী কোলোনী অমনি। হায়রিবা রা অসি চুম্বা চুমদত্রা হায়বা ভারতবর্ষ য়েংলগা খংগনি।

তৌইগুম্বস্নুং সাম্রাজ্যবাদী দেশগী কেপিটালিষ্টশিংনা নিং-ডাইদনা ফমহূনা কোলোনী মীশিংদগী চুপ্পবা অহাংবা ফংদে। কোলোনী লৈতবা কেপিটালিষ্টশিংনা কোলোনীগীদমক থল্লি; ১স্নুং ইম্পেরিয়ালিষ্টশিংগী মথাদা লৈবা কোলোনীদা য়েংশিল্লকই, কে-পিটালিষ্টশিংগী মথুক্কগী কোলোনীশিং অহু মুন্নবা মন্নুংদা শরৌ শিল্লি। মথোইগী শরৌশিনবা অহূনা লোইরবদা তাঞ্জা য়েংহূনা ইম্পেরিয়েলিষ্ট লৈপাকশিং অহূগী মথক্তা চোংশিল্লকই। কোলো-নী লৈবা ইম্পারিয়েলিষ্ট দেশগা লৈতবা ইম্পারিয়েলিষ্ট দেশগা লাল তৌনৈ। লৈপাক অনিগী কেপিটালিষ্টশিংনা বিজ্ঞানগী পাম্বৈনা মী হাৎনবা থুজু থুৎলাই অমগুং লৌশিং অয়াম্বা পুথোকই অহূনা মী লাক্ষা লাক্ষা হুপী অঙাং কাংবা হাংলি, মথোইগী মরাল লৈত্রবা ঈনা অশংবা পৃথিবীবু ভাংহল্লগা মা মানা নিংবা থুংনবা হোংনৈ।

লান অমুক্তং তৌরগা হেক পোইদে। মাইথিবা কেপিটালিষ্ট-শিংগী কোলোনীশিং অহূ জয় ওইবা কাংবুনা লৌথি। কোলোনী নত্রবদি কেপিটালিজম হিংবা ঙমদে হায়র্বস মমাংদা হায়ে। লালদা মাইথিরবস্নু মাইথিরিবা লৈপাকশিং অহূগী কোলোনীগী কান্নবা অহূদি কোক্কে। অহূনা ৎরলৈরগা কোলোনী ফংননবা হোৌরকই লাল অমুক শোক্লে। অস্নুম্না লাল শোক্লে অমস্নুং কোলোনী য়েন্নে।

শেন্দোংগীদমক পোংচৈ শাবদা কেপিটালিজমগী মূলসূত্রনি। শেন্দোংগীদমক্তা পোং শাবা ওইবনা লৈপাক ( জনসাধারন ) না

লাইরথরকই, ইনাকখুনবগী শেঙ্গাও চোল্লকই । অসিগী ফলনা পোৎচৈ য়াম্না শাই, তৌইগুম্বস্নুং য়োন্দে । পোৎনা কৈথেন পাথোকই ; ললোনবগী খুদোংথিবা ১স্নুং থবক শুনিংঙাই লৈতবগী মঙং ওইরকই । মতম অতুদা কেপিটালিষ্টশিংনা কোলোনী থিবা থোরকই । কোলোনী থিবা ফংবগা সাম্রাজ্যবাদ পোকই । সাম্রাজ্যবাদকী ফলদগী লাল লাকই । অতুনা লালগী মওরুইবা মরমবু পোৎ থোক্লবা যন্ত্রদা মী অমগী মরনাই অমস্নুং শেন্দোংগীদমক পোৎচৈ থোকহনবা । পোৎ অমি অসি মাংখিবা মতমদা লালস্নু লৈররোই । অতু নত্রবদি মুমিং খরা খরা কাম্না কান্নন লাল থোকপা শোরদবনি ।

---

## ফ্যাসিজম

হন্দক্কি লাঞ্জাও অসিগী মমাংদা শাল ১৯১৪ দগী ১৯১৮ ফাওবা লাঞ্জাও অমা থোকখি । লাল অসি থোকখিবা মরুওইবদি কোলোনী লৈবা ইংরাঙ্গ অমস্নুং ফরাসীগা লৈতবা জর্ম্মানীগনি । ইংরাজ ১স্নুং ফরাসীনা জয় ওইগনি নিংহুনা রুশ ১স্নুং ইটালীস্নু মখোইরোমদা য়াওই তুরস্কনা জর্ম্মানীদা য়াংখি । লাল লোই-রমদাইদা আমেরিকাস্নু ইংরাজ ১স্নুং ফরাসীগী মাইকৈদা য়াওখি । লাল অসি জর্ম্মানীনা মাইথীখি । মাগী কোলোনী অপুম্বা ইংরাজ ১স্নুং ফরাসীশিংনা য়েন্নখি । ইটালীগী শরুকতি থোইনা থুংখিদে । রূশ লৈপাক্লনা লৈপাক হোৌরকুনা কেপিটালিষ্টশিংগী ক্ষমতা অতু থবকশুবা কাংবুগী মখুত্তা চৎখি । অস্নুম্না ইটালী ১স্নুং জর্ম্মানী অনিসি কোলোনী লৈতবা লৈপাক ওইনা লৈখি ।

লানগী মতুংদা কেপিটালিষ্ট লৈপাক পুম্নমক্তা অকাইরা অমা থোরকই। লালগী মতুংদা মথোয়গী মরাই চাইথবা হৌই। থবক শুবা মী লিশিং লিশিং থবক শুনিংঙাই লৈতবা ( বেকার ) ওই। কোলোনী লৈবা লৈপাক মথৈদি ফত্রবসু ওখাক মথোইগী অবস্থা হুজিন্নবা হোংনৈ। তৌইগুম্বসুং কোলোনী লৈতবা লৈপাক-শিংদি রাবগী খম থেংই। ইটালীদা শ্রমিকশিংনা শাওরক্তুনা কল মালিকশিং তাম্বোক্তুনা কল কারখানা অপুম্বা মথুং চল্লি। শ্রমিকশিংগী আন্দোলন অসি উবদা কেপিটালিষ্টশিং মকোক ঙাওই। মথোইনা মতম অদুদা থবক শুবশিংবু নমথত্তুনা মথোইগী সম্পত্তি কন্ননবা লাক্লরকই। থবক অসিগীদমক মথোইনা মতিকচাবা মুপা অমা ফংই মাগী মমিং মুসোলিনী কৌই। মুসোলিনী অসি অহানবদদি থবকশুবশিংগী লুচিংবা অমা ওইরমই। লাল হৌরকপগী অদুদা কেপিটালিষ্টশিংগী মিচং ওইখিত্তুনা লাল য়াওই থবকশুবশিংবুসু লাল য়াও হায়না হায়। অদুদগী মাবু থবকশুবা কাংবুদগী ( মাবু ) তাম্বোকই। মানা লান্দগী হল্লক্লগা করি তৌসিগে হায়না খল্লমই, মতম অসিদা থবকশুবশিংনা হৌরকইবা অদুদগী কেপিটালিষ্টশিংবু কন্ননবা থবক মঙোন্দা তারে। মানা থবকশুবশিংবু নমথনবা দল অমা শেমই দল অদুগী মিং "ফেসিষ্ট" কৌই। দেশগী ইনাকখুনবা মখৈনা দল অসিবু মতেং পাংই। অদুগী ফলনা মুমিৎ খরদংগী মন্নুংদা ফেসিষ্ট দল অসি মপাঙ্গল কনখৎলক্লে। তৌইগুম্বসুং থবকশুবশিংনা ফেসিষ্ট দল অসিবু নমহৎনবা মতিকচাবা থৌরাং তৌবা ঙমদ্রে। মথোইগী নেতাশিংনা মথোইনা লুচিংবত্থু লেংদনা থম্নবা থবকশুবশিংবু

পুনশিল্লগা ফেসিষ্টশিংগী বিরুদ্ধদা দল শেমদে। মখোইগী মন্নুংদা দল মচা মচা থোক্লুনা মখোইগী শক্তি ময়েং তাহল্লি। অদুনা ফেসিষ্টশিংনা থবকশুবশিংবু মাইথিবা পিরে। ফেক্টরিদগী থবকশুবশিং তান্থোক্লে, থবকশুবগী দলশিং অদু নমদুনা থুগাইরে, মখোইগী শ্রমিক সঙ্ঘ ট্রেডইউনিয়ন অপুম্বা থুগাইরে, নেতাশিং হাংতোক্লে খরনা জেলদা থমজিল্লে খরমবুনা দেশদগী তান্থোকখ্রে। অসুম্না শাথিনা নৈহনা শ্রমিক আন্দোলন থিংবদুদা ইনাকখুনবশিংনা হরাওরে, ইনাকখুনবশিংগী মরল মথুম ঙাক্লবা ওইনা ইনাকখুনবশিংনা মখোইগী মখুত্তা গভর্নমেন্ট পিরে। মুসোলিনীনা ফেসিষ্ট নেতাশিংগা "ফেসিষ্ট গ্রাণ্ড কাউন্সিল" কৌবা কাউন্সিল অমা শেম্মগা অদুনা লৈপাক ঙাক্লবা মপু ওইখ্রে।

থবকশুবশিংগী আন্দোলন মরাই হাইগংপা। ঙমদনবা অদুগা লোউবশিংসু মুংঙাইতবা তৌদনবা কলমালিক ১স্লুং জমিদারশিং পুল্লগা সঙ্ঘ অমা শেমলে মমিং "করপোরেশন" থোল্লে। 'করপোরেশন' অসি শেম্মগা দেশদা লৈপাক্লা হৌরক্লদবা অপুম্বা কোক্লনবা থৌরাং তৌরে। থবকশুবা কাংবুনা হৌরকপদগী কন্ননবা থবকনা ফেসিজমগী অহানবা থবকনি। কোলোনী লৈতবা লৈপাকশিংদা ফেসিজমগী অনিশুবা থবকনা কোলোনী ফংনবা তৌবা। মমাংদা হায়খ্রে কোলোনী লৈত্রবদি কেপিটালিজম ছিংবা ঙমদে। কোলোনী ফংদ্রবদি ললোনবগী অন্নাবা ওইরকই থবকশুবা মী লিশিং লিশিং থবক শুনিংঙাই লৈরক্লে, শ্রমিক আন্দোলন মপাঙ্গল কল্লকই। মমৈদদি থবকশুবা (শ্রমিক) শিং, শাওরক্লুনা কেপিটালিষ্টশিংগী মখুত্তগী গভর্নমেন্ট মুল্লগা পোৎচৈ থোক্লবা যন্ত্র অপুম্বা

( মথোইগী ) ওই । মরম অসিনা কোলোনী নত্রবদি কেপিটা-লিজম কুইনা হিংবা ওমদে । কেসিষ্টশিংনা থবকশুবশিংগী আন্দোলন নমহুনা থুগাইরবস্থ আন্দোলন থোরকইবা মরুওইবা মরমদি কোংহনবা ওমদে । মরমদি, মরু ওইবা মরম অহুদি কেপিটা-লিজমনি, কেসিষ্ট কাংবু শেমগিবনা থবকশুবশিংগী মথুঙগী কেপিটালিজমবু কন্নবগী দমকনি । অহুনা থবকশুবা লৌউবশিংনা লাইরথরকপনা ললোনবগী মরাই চাইথরকপা, থবকশুবা মী লিশিং লিশিং থবক লৈতবা—কেপিটালিজমগী অসিগুম্বা থৌথোক অপুম্বা কোকপা ওমদে । মতম অহুদা কেপিটালিষ্টশিংনা কো-লোনী খিবা থোরকই । মথক্তা হায়খ্রে কোলোনী লৈরবদি থো-রকইবা পুন্নমক মুমিং খরদি মেনশিন খোৎচিনবা য়াই । তৌই-গুম্বসুং পৃথিবীদা অনৌবা দেশ থিরগা হেকমক ফংগদ্রা ? কো-লোনীগী মতিকচাবা দেশ মখৈদি ইংরেজ অমসুং ফরাসীনা হান্নমা লৌশিনথ্রবনি অহুনা লান তৌবা নত্তনা অতৈ গতি লৈতে । মরম অহুনা “ লালগীদমক থৌরাং তৌ ”— অসিনা কেসিষ্টশিংগী মূলমন্ত্রনি । লৈপাকপু লালগীদমক শেম্বনা মথোইগী অনিশুবা থবকনি ।

অসিনা মরম ওইহুনা লালগী রা ভাংবা হৌই । ১৯১৪-১৮ সালগী লাল উবা তাবদা মীগী পুক্লিংদা লাল হায়বসি তুকচবগুম থোকখি । কেসিষ্টশিংনা তুকচবহু কোকহল্লগা লাস তৌদবা মীবু শাওহনবা পাও চেনবা হৌই । পিকথ্রবা অঙাং ফাওবা স্কুল লাইরিক তম্বিবদা “ লাল্না মীওইববু সভ্য ওইহল্লি; শান্তিনা মীবু মী ওইহন্দে ” “ লৈপাক্কি ( কোলোনীগী ) দমক

লালক্ষমদা থন্নাই থাবদগী হেন্না লেম্লিংভাই অতৈ লৈতে "অসিনচিংবা তম্বিবা হৌই। মক্কম পুন্নমক্তা নহারোলবু লাল তম্বি। কারখানাদা নোংমৈগুলি অমস্থুং হিদাক, লালগী পোংচৈনা হেন্না শাগৎলি।

ইটালীদা ফেসিজম শেমখ্রিবা অতুগুম্না জার্মানীদসু ফেসিজম শেমখি। খিত্তং খেন্নবদি ফেসি-ম কৌদহুনা নাৎসীজম কৌব-তনি। তৌইগুম্বসুং ফেসিজম ১সুং নাৎসীজমগী মনুংদা ক'য়ি থোইনা খেন্নবা লৈতে। নাৎসীবাদনা ফেসিবাদতগী থর কন-শিল্লি ১সুং মুংশিহৈতে।

১৯১৮ সালগী লাল মতুংদা জার্মানীগী থবকশুবশিংনা লালগী খাংভমদ্রবা অন্নাবা খাংবা ভমদহুনা হৌরকই। তৌইগুম্বসুং থবক-শুবশিংগী নেতা থরগী কেপিটালিষ্টশিংগী মিচংদা লোন্না চংখিহুনা লৈপাকপু হাৎলম্বা অতুগা কেপিটালিষ্টশিংগীনা চপশিল্লকপনা থবকশুবা কাংবুগী থুত্তা ক্ষমতা লাক্কহুনা কেপিটালিষ্টশিংগী থুত্তা অতুম লৈখি। কেপিটালিজম লৈখিবনা লৈপাক মীয়ামগী লাইরবা হেঙ্গৎলকপা, ললোনবগী অন্নাবা খুদোংথিবা, শিত্তবা পোৎনা তুকান থন্না থন্না লৈবা, থবক ফংদবা থবকশুবশিংগী মীশিং হেঙ্গৎপনচিংবা থোরকই। অসিগী মথক্তা ইংরাজ ১সুং ফরাসীশিংনা লালগী ক্ষতিপুরণ ওইনা চহি খুদিংগী লুপা লৌথৎপনা লৈপাক্কী অন্নাবা অমুক হেঙ্গংলি। জার্মানীগী কোলোনী লৈতবনা পোরকইবা থৌদোক অসি থরদংসু কোকপা ভমদে। লৈপাক্লা মুংভাইতবা অসুম হেঙ্গংলকই। মসিগী মথক্তা অশিবা মীদা য়ৈবগুম্না ১৯৩১ সালদা ললোনবগী খুদোংথিবা লাক্কুনা জার্মানীগী অন্নাবা খুদোংথিবা

অমুকন্নু হেঙ্গংলি । থবকশুবশিংনা অরাবা অসিদগী কন্নবা কেপিটালিজম মাংহন্নবা দাবী তৌই; অদুগা কেপিটালিষ্টশিংনা কোলোনী ১ন্নুং থবক শুবগী আন্দোলন মুংনবা দাবী তৌই । থবক শুবগা ইনাক খুনবগা অনিগী লাল অসি কনশিল্লকই । লালদা মাইথিবরবদা হিটলারনা " নাৎসী " অমদি " নেসনেল সোসালিষ্ট " থোন্নুনা দল অমা শেমই । ১৯৩১ সাল ফাওবা জার্মানীদা মাগী মমিং ফাওবা লৈবমদ্রি । তৌইগুম্বন্নুং ১৯৩১ সালদদগী কেপিটালিষ্টশিংনা থবক শুবা শ্রমিক আন্দোলন অসি পুনশিল্লকই হায়বা উবে অসিবু থুনা মাংহন্দ্রবদি হিংনিংঙাই উপায় লৈতে হায়বা উরে । অদুদগী মখোইনা হিটলারগী দলগী মতেং পাংবা হোরে । ব্রিটেনগী ১ন্নুং ফ্রান্সকী কেপিটালিষ্টশিং ফাও-বনা হিটলাবগী লুপা পৈশা লৌদুনা মতেং পাংই হায়না তাথি জার্মানীগী থবকশুবশিং ক্ষমতা ফংদনবগীদমক্তা । অম্নুন্না পাংলকপনা হিটলাবগী নাৎসীদল কনখৎলকই । শ্রমিকশিংনা মখোইগী খুদোংথিবা লাকইবা অসি উদে । মতম অদুদা জার্মানীদা থবক-শুবা ( শ্রমিক ) কাংবুগী দল অনি লৈরমই অমনা " সোসাল ডেমোক্রেটিক " দল অমনা " কম্যুনিষ্ট " দলনি । সোসাল ডেমোক্রেটিক দলনা কেপিটালিজম পুম্মাং মাংহন্দ্রগা মখোইগা যানদুনা লৈরগা শ্রমিকশিংগী ক্ষমতা খজিক খজিক হেঙ্গৎনবা হোৎনবনি । অদুগা কম্যুনিষ্টশিংগীনা কেপিটালিষ্টশিং মাংহন্নগা শ্রমিক গভর্ণমেন্ত শেম্বরোমদা লৈরমই । অসিগীদমক্তা দল অনিসি মন্নুংদা খৎনদুনা লৈরমই । অদুগী ফল কয়া ফত্তবগে হায়ববু শ্রমিকী মন্নুংদা খাইবোক তারে । অসোমদা কেপিটালিষ্টশিংনা

নাৎসী দলগা পুনশিল্লকলি। লিশিং অমা তিন্নহনস্থ কেপিটা-লিষ্টবু কয়া য়াম্বগে? মী খরতনি। অছুনা অতৈ কাংবুগা তিন্নত্রবদি ১স্নুং শ্রমিকশিংগী মন্নুংদা হিগাইন্না থাজিন্ত্রবদি করিমতা তৌবা ঙমদে। অছুনা অতৈ কাংবুনস্থ য়ানিংনবা হিটলারনা মাগী দলগী প্রোগ্রাম মন্নুংদা মী কাংবু খুদিংগী দাবী খর খর হাপচিল্লে। প্রমাণ অমদা লৌউবশিংগী য়ানিংনবা লৌউবগী ল্লা খর, শ্রমিকশিংনা য়ানিংনবা কেপিটালিজমগী মাংনবা হোৎ-নগদবনি অসিনচিংবা। অসিদস্থ নত্তনা জার্ম্মান খুদিংমক ভার্সাই সন্ধিগী (হৌখিবা ১৯১৪-১৮ গী লান্দা মাইথীরবদা ইংরাজ অমস্নুং ফরাসীগা.......... তৌনখিবা সন্ধি) মরমদা মন্নুংদা কয়া নুংঙাইতে। অছুনা হিটলারনা ভার্সাই সন্ধিগী বিরুদ্ধদা আন্দোলন তৌবা হৌরে। থাইনদগী ইউরোপকী মীশিংনা য়িহুদীশিংবু হঙ্গোইনা তৌই ভাব অতুস্থ মাগী থবক্তা লৌশিল্লে। লৈবাকী ত্বল্লা অনং লৈরিবা খিবিকী মরম ভার্সাই সন্ধি, য়িহুদী অমস্নুং কম্যুনিষ্টশিংননি হায়না প্রচার তৌবা হৌরে। ১৯১৯ সালগী মতুংদগী জার্ম্মান আইন সভাগী মীরেপ (নির্ব্বাচন) খুদিংদা হিটলারগী নাৎসী দল ১স্নুং কম্যুনিষ্টগী ভোট মশিং হেঙ্গৎলক্লে দল অতৈগীনা তারক্লে। অসিনা উবদা ইনাকখুনবগা থবকশুবগা নুংঙাইনদবা হেঙ্গৎলকনি অতুগা জার্ম্মানীগী মী খুদিংনা ইনাকখুনবগীদা নত্ত্রগা থবকশুবা কাংবুদা য়াওই। লৈপাক্তা কাংবু কাংবু থৎনবনা কল্লকনবা মতম অছুদদি জার্ম্মানীগী কেপিটালিষ্ট কাংবুনা লৈপাক রায়েনগী থবকী ভার হিটলারগী মখুত্তা শিন্নরে।

হিটলারনা খুত্তা রায়েনগী ভার হেক ফংবগা অহানবা থবক্ত

থবকশুবা ( শ্রমিক ) শিংগী আন্দোলন মাংহন্নবা হোৎনরে। শ্রমিক নেতাশিংখু ফারগা বিচার শুকতো তৌদনা "কনসেনট্রেসন কেম্প" হায়না জেলখানা জাৎ অমা শেমহুনা থমই, লোন্না কয়া অমবু হাৎলি। শ্রমিক নেতাশিং ফাবতা নত্তনা নাৎসীশিংগী মরমদা য়ানিংদবা খিত্তংবু উৎলুরবদি মখোই অহুস্থ অহুমঙাই। নাৎসী গুন্দাশিংনা দল দল চত্তুনা মখোইগী ইমুং চংহুনা হায়নিংঙাই লৈতনা ওৎপা নৈবা হৌরে। অস্থুন্না ওৎপা নৈবহু য়িহুদীশিংস্থ মতিকচানা শরুক থুংই। অফাওবা য়িহুদী বৈজ্ঞানিক আইনষ্টাইননা লোনা চেনখিহুনা নাৎসীশিংগী মথুত্তগী হিংহৌই। অস্থুন্না চেলহৌবা মখৈ হিংই চেলহৌদবা মখৈদি ফাহুনা অত্যাচার তৌই অমস্থং হাৎলি। অস্থুন্না অত্যাচার তৌহুনা হিটলারনা মাগী বিরুদ্ধদা লৈবা দলমখৈ মাংহল্লগা নাৎসীদলনা মহাক্তনা মপুওইবা শন্দোরকই, ফেসিজমগী অহানবা থবক শ্রমিক আন্দোলন মাংহল্লগা কেপিটালিজমনা নিংঙাইদনা পানবা অহু অসিগুম্বা হৃংশিহৈতবা তৌবা হৌনবা থবক অসিনা পাঙলে।

অহানবা থবক লোইরগা নাৎসীশিংনা হন্দকমুক্তি ফেসিজমগী অনিশুবা থবক হায়বদি কোলোনী মুন্নবা হোৎনবগী থৌরাং তৌবে। কোলোনী মুন্নবা হোৎনবা তারবদি লাল তৌবা তাই। অহুনা জার্ম্মানজাতিবু লালগীদমক থৌরাং তৌনবা থবক্তা কন্না হোৎনরক্লে। অসোমদা থুনা লালগী খুজু খুৎলাই, নোংমৈহিদাক, গুলি শেম্বা হৌরে অহুগা লোয়ননা মী পুন্নমকপু শাওহন্নবা হোৎনরক্লে। ইটালীগী ফেসিষ্টশিংগুন্না নাৎসীশিংগা লাল ব্রা ঙাংবতা নত্তনা মতবাদ অমস্থ হৌদোকলে। মতবাদ অসিগী মতুংইন্না মখোইনা

জার্ম্মান খুদিংদা তস্থিরা হৌরে, "জার্ম্মান জাতি অসি পৃথিবীগী মনুংদা খ্বাইদগী চাওবা জাৎনি। অতৈ জাৎ পুম্নমক্কী মথক্তা মপু ওইনবা জার্ম্মান জাতি শেম্মকপনি। মরম অসিনা শিংলিদ্দা জার্ম্মানগী ঈ চেল্লিবা মী খুদিং জার্ম্মান জাৎকী গৌরবকি মশক ওইবা থবক্কী দমক থরাই পিগদবনি।" অরায়বা ব্রাহৈদা "থরাইনা পোত্থা ওইদুনা লাল তৌরগা জার্ম্মান কেপিটালিষ্টশিংগীদমক কোলোনী লৌশিল্লু" অসিনা নাৎসী শিক্ষাগী মূলমন্ত্রনি। অসুম্না মখোইনা দেশ পুম্নমক লালগী থৌরাং তৌরে, উদবা অমসুং অফাওবা দেশপ্রেমনা মখোইগী মনিং থুংনবা মচাক ওইরে। য়াইমরপ পানবা (মধ্যবিত্ত) নহারোন কাংবু অসিগুম্বা মমিৎ তাংবা দেশপ্রেমগী ব্রা অসিদা হৌগৎলকলে লৈপাক শন্দোকপগী থবক্তা ইনাকখুনবশিংগী শান্নপোৎ ওইখ্রে। মখোইনা খাদুনা য়েংখিদবদি, দেশপ্রেম হায়বগী অর্থ অতোপগী দেশপ্রেম মাংহল্লগা লৈবাক লোবা নত্তে। অশেংবা দেশপ্রেমদি করিগুম্বদা সাম্রাজ্যবাদকি শান্নপোৎ ওইবা য়াদে। দেশপ্রেম কোনশেংদি স্বাধীনতানি; দেশ অমগী স্বাধীনতা মাংহল্লগা দেশ অমগী স্বাধীনতা ওইবা করিগুম্বদা ওইবা য়াদে। মাগী দেশবুনা চাওহল্লগা লৈপাক অমবুনা পিকহনবা, জাৎ অমগী স্বাধীনতা মাংহনবা অমসুং অতোপ্পা দেশগী মীবু অরেম্বদা ওৎলগা নৈরগা মখোইনা করিগুম্বদা স্বাধীনতাবু সম্মান তৌদে। মাদুগী অর্থদি মাগী দেশগী স্বাধীনতা অদু চিন্তদা য়াবা থবক্তদি য়াদবনি। তৌইগুম্বসুং জার্ম্মান নহারোম্না ব্রা পুম্নমকসি খাদুনা য়েংখিদে। উদবা দেশপ্রেমগী ওন্নবা ব্রাফমদা ঈ কারক্তুনা লান্দা চোংশিনখিবনি। অদুগী ফল মখোইনা

স্বাধীনতা ফংদ্রে, স্বাধীনতাগী মখোজেং মেন্থুনা মাংহন্ত্রে। সাম্রাজ্য-বাদকি অশেঙ্গশিংদা স্বাধীনতা কৌশিন্নুনা, দেশগীদমকনি হায়জিল্লুনা নহারোল পুন্নমক বলি কংপনি ।

জাপান্দসু জাপানী মার্কা ফেসিবাদ লিংলে, কোলোনী লৈত্তবা লৈবাক অহুম অসি মরুপ চেৎনা ওইরে ; কোলোনী লৌবদা মখোই অমগা অমগা মত্তেং পাংবা য়ানরে। অসুন্না থৌরাং লোইরগা মখোইনা লাল হোরে। হন্দক্কি লাল অহু অসুন্না হৌখিবনি ।

অসিদগী ঐখোইনা উবদি ফেসিজম অসি ইটালী, জার্ম্মানী অমসুং জাপান্দা থবক থৌরম অমত্তদা লিন্ধংপনি । অবস্থাগী মতুংইন্না খর শেমদোক শেমজিনদি তৌই হায়ববু অশেংবদি মখোই অমত্তনি। ইনাকখুনবগা থবকশুবা কাংবুগা খংনবনা লম য়োরবদা ইনাকখুনবশিংনা ইফোং ফোংনা ফেসিষ্টকি মুক্তি লৌই অমসুং থবকশুবশিংগী আন্দোলন মাংহন্নবা হোৎনৈ । থবকশুবা কাংবুনা করিগুম্বা নাকপাক তানখ্রবা অহু ওইরবদি কেপিটালিষ্ট-শিংনা ইলাই লায়না থবক শুবশিংবু ঙমই অমসুং নমহুনা পাল্লি। মরম অহুনা কেসিজমগী মরম অনিনি অহানবদা :— কাংবু কাংবু খংনবা হেঙ্গংলকপা, অনিশুবদনা :— থবকশুবা কাংবুগী মসুংদা লিংজেন মান্নবা য়াৎপা। ফেসিজমগী থবক্তা অনিনি। অহানবা থবক্তা, থবকশুবা কাংবুগী আন্দোলন মাংহল্লগা লৈপাক হৌবদগী কেপিটালিষ্টশিংবু কনবা ; অমসুং অনিশুবা থবকনা লাল তৌরগা কোলোনী লৌনবা হোৎনবনি। মরম অসিনা ফেসিবাদপু কেপিটালিজমদগী অতোপ্পনি হায়না লৌরবদি লানগনি ।

কেপিটালিজমনা মওং অমা ওহ্নোকলকলগা ফেসিবাদকী মওং লৌরকপতনি। ফেসিজমসি কেপিটালিজমগী বিরুদ্ধদি নত্তে, কেপিটালিজমদু কন্নবগীদমক্তা শেম্বনি। ফেসিজমবু ঐথোইনা করি হায়গনি থবকশুবা কাংবুনা হৌরকনি হায়বা শোয়জবা অহুবু মাংহন্নবা অমসুং কোলোনী লৌনবগীদমক কেপিটালিজমগী ওল্লকপা মশক অহুবু ফেসিজম কৌবা য়াই।

ফেসিজমগী মমৈতাবা করিনো? ফেসিজম হৌরকপগী মরম নিংথিনা খংলবদি অসি খুম্বা লুরোই। শেঞ্জাও পায়বনা শেম্মকইবা থৌরাং (ললোনবা য়াহনবা, থবক ককপা, অসিনচিংবা) নিংথিনা থৌরাং তৌবা ঙমলক্তবা মতমদা শেঞ্জাও পায়বহুনা ফেসিবাদকী থবক তৌরকই। ফ্যাসিবাদনবু থোরকইবা পুন্নমক অসি কোকহনবা ঙমরা? ঙমদে। মরমদি ফেসিবাদনা পুন্নমক অসি কোকহনবা ঙমদবহুনা কোলোনী থিবা হৌবনি। মখোইনা খনবনা কোলোনী ফংলগা ময়াম অসি লোইগনি। অসুম্না কোক্কবা হোংনবনসু য়েৎ ওইদগী খুদোংথিগদবা য়াম্না লৈ। অহানবদা, লান্দা মাইথিরবদি মখোইনা কোকহনগনি হায়বহু ঙমদ্রে হায়বা উরে অহুগী মথক্তা শেরান্নবা থবক শুবশিংনা হৌরক্তুনা ফেসিবাদকি মরু মরা য়াওনা ফুকতোকখিবা য়ানা লৈ। লাল হায়বসিদা মীগী অন্নাবসি হায়নিংঙাই লৈতনা হেঙ্গৎলি। লাল শোক্লরিবৈ মথৈদি ফেসিষ্ট দেশগা মীনা— 'দেশগীদমক্কিদনা, কোলোনী ফংলগা অন্নাবা পুন্নমক লোইনা কোক্কনি' অসি খল্লুনা অন্নাবহু খাংবা ঙমই। লাল মায়থিবা হেক হৌরকপগা নিংলম্বা পুম্বা উং তাখি হায়বগুম থোক্লমই। মীগী লৈপাক লৌববু অথোইবা

দেশ প্রেমমি খল্লম্বা মথোইদু শিথবকই। মখোই দোলাম শারম্ব-তুনা হেক কাযবদা হৌজিক হৌজিক্কী অল্লাবা থাংগে হাযবা খল্লক্লে। তান য়েংলগা থবকশুবা কাংবু হৌরকতুনা শাসনগী ক্ষমতা মথুং চল্লবা হোৎনরকই। অনিশুবদা, ফেসিবাদীশিংনা জয় ওইববসু কুইনা নুংঙাইনা পানবা ১সুং কোলোনীগী মীশিং অতৌবু নৈতুনা পানবা তাঙ্গা যংদে। অসোমদা কোলোনীগী মশিংনা স্বাধীনতা আন্দোলন কনশিল্লকই, অমবোমদনা কো-লোনিগী কৈথেনগ ফেসীবাদী লৈবাক্কি পোংনা থঞ্জিল্লকই। অদুদগী থোবকপনা ললোনবগী অল্লাবা, মী পুম্নমক থবক ংং বা, শে গাও পাযবনা পানবগী খোকপা হৌনবা অপুম্বা থোবকই। মাঙ কোক্লবা হোৎনবা ৎমদবদগী কোলোনীদা ১সু, ফেসিবাদী-শিগী মবৈপা ক্রদসু হৌবকই। অসুম্না হৌবকপদগী চেথেংনা ফেসাবাদী প্রথা তাওথোকর্লে। মদম অসিনা ফেসিবাদী প্রথা অসি সমাজদা বুক্তনা খাংতনা লৈবা ৎমদে। মাগী মন্নুংগা হু ভতুগা মীনা মুমিং খবদং লে, লেং তৌজৈ ১সুং ব্রা অমা অমদি লাওজৈ হাযবা, হু অতুমকনা থুনা মাবু মাংহল্লি।

---

# সোস্যালিজম অমদি সমাজতন্ত্রবাদ

## সোস্যালিজমনা পোকপা :—

পৃথিবী অসি অবেপ্পা কবিসু লৈতে। ঙসি পৃথিবীগী শাড়ক অযাম্বদা কেপিটালিজম উবিবসি মমাংঙৈদা লৈবম্বা নত্তে।

অহানবা হৌরকপা মতমদদি যন্ত্রনা করিনো, মপুনা কনানো অমম্বুং মরনাই শেন্দোংগীদমক করম্না পোৎ হায়বা করিস্ত্র খংলমদে। থাইনা মী পুম্নমক অসি কাংলুপ কাংলুপ ওইনা লৈরম্মী। মপা মচা শাগৈ ভাই ওইবা মথৈনা ফুরুপ অমা শেম্মগা পুন্নপ্প লৈ-মিন্নবম্মী। দলশিং অসিবু শাগৈ অমদি ট্রাইব কৌই। ট্রাইবকি থুংলাই হায়ববদা লিকং তেন্দোং থাংতানি। মী খুদিং লিরুং তেন, থাংতা লৈ ১স্মুং শিজিন্নবা য়াই অহুনা ময়াম পুন্না শাতানবা চৎলগা ফংলকপহু ময়াম য়েন্নহনা চামিন্নৈ। অস্নুম্না মখোইনা চা থক্কুনা হিংই। অসিগুম্বা যুম্বান অসি কনাগুম্বা অমগী মবনাই ওইবা থবক য়াওদে। মবম অসিনা মীওইবগী অসিগুম্বা অবস্থা অসিবু কম্যুনিজমগী মৈহৌবোল ( Primitive Com-munism ) কৌই।

অহুঙৈগী কম্যুনিজম অহু কুইনা লৈবা ঙমদ্রে। মীওই-বনা পানবদা নুংঙাইনবা যন্ত্র কলনচিংবা হৌদোকলে। শা উচেক যোকলে, উ-ন্না ইনশাংনাপী থাগংলে, লৌউবা তমখৎলে। অহুনা থাইনগুম্না বনদা শা তানবা উহৈ ন্নাহৈ থিবা চৎত্রে। ম'চি অমদা ফম্মগা লোইনা ফংলে। মী পুম্নমক মফম অফবা যেংহুনা যুমকৈ শাহুনা লৈনবক্লে। থুন ম'ং মথং শেম্নবক্লে।

———

